## হিরম অইবশিং লামাই

হিরম অইবশিং লামাই

# রাহৈদোক

ললিত কলা পূন্নমক্কী উদ্দেশ্যদি "আনন্দ" পীবনি—শেংলবা হুংঙাইবা থম্মোইদগী থোরকপা কবিতাসু কলানি, পুন্সিগীদমক ওইগদবা কলানি, কলাগীদমক ওইগদবা কলা নত্তে, অরাংবা পান্দম অমা লৈবা কলা মখল অমনি।

শৈরেংনা পীরিবা শেংলবা "আনন্দ" অসিদি সৌন্দর্য্য লৈবা পোৎশক্তগী থোরক্কদবা আনন্দনি, স্বর্গীক আনন্দনি অমাংববু শেংদোকপা ঙম্বা, অথীববু ফজহনবা ঙম্বা, য়াকাঈহনবা ঙম্বা। সৌন্দর্য্য হায়বা অসিদি "সত্যম্‌শিবম্‌সুন্দরম্‌" হায়বা গুণ অহুম অসিদা পুল্লপ তিল্লবদি ফজরিবদো চুন্নবনি, অচুম্বদো ফজবনি। অহুনা ফজবা অমদি অচুম্বা হায়বদো উবদা-তাবদা হায়বদি অনু-ভব তৌবদা থম্মোইদা শেংলবা হুংঙাইবা অমা ফাওরকই, মহুনা মরম ওইহুনা শৈরেং পারিবা অমদি তারিবা মীহুগী থম্মোইবু য়াকাঈহল্লি অমসুং শেংদোকই। মসিনি শৈরেংগী শক্তি। শক্তি অসিনা মীওইবগী থম্মোইবু য়াওলহল্লি, শেংলবা মখলগী পরিবর্ত্তন অমা পুরকই। মসিনি কবিতানা পীবা বৎক্তিগত অমসুং সামাজিক কল্যান।

মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী হায়বদি, শৈরেং পারিবা অমদি তারিবা মী অহুগী থম্মোইদা অচুম্বা-ফজববু পাম্বা অরানবা-অথীববু তুক্কচবা অকনবা ভাব অমা পোক্লকই; অকোঈবদা

লৈরিবা মীশক, পোৎশক, অবস্থা অমসুং থৌদোক-থাথোকশিংগী মরমদা শেংলবা-থাংলবা ধারনা শেন্নীংঙাইগী পাম্বৈ অমা ওইনা মীওইবগী চরিত্র-বিকাসতা য়াম্না মতেং পাংই। মরম অসিদগী শিক্ষা শাস্ত্রীশিংনা কবিতা অমসুং সঙ্গীতসু শিক্ষাগী মরুওইবা পাম্বৈনি অমদি মচাকনি হায়রিবনি। মতুংনা হৌজিক্কী মতমগী শিক্ষা-ব্যবস্থদা কবিতা অমসুং সঙ্গীতসু তম্নাংঙাই হীরম ওইনা থম্নরক্লিবনি। শম্না হাঙ্গৈরবদা, শৈরেংগী মফম লৈতবা শিক্ষা-প্রনালী অদো অহোবা লৈরবা ব্যবস্থানি, শিক্ষাগী মপুংফাবা উদ্দেশ্য থাংলবা প্রনালীনি।

"আনন্দ পীরিবা কবিতাগী মরুওইবা শক্তমদি শব্দ-সৌন্দর্য্য ভাব-সৌন্দর্য্য, ছন্দ-সৌন্দর্য্য— সৌন্দর্য্য লৈবা গুণশিংগী তিন্নফম ওইগ্নদবনি। মতুংতনা কবিতাদগী ফংবা রসনা থম্মোইদা সঞ্চার তৌবা ঙমগনি, থম্মোইগী শিক্ষা পীবা ঙমগনি, কবিতাগী উদ্দেশ্য অদো "ফিদম শৈরেং" হায়বা কবিতা সংকলন অসিদা ভাব-প্রধান ওইবা বিচার-প্রধান ওইবা কবিতা মখল অনিমক য়াওরি ; শৈরেং মখল অনিমক ভাব-বিকাস অমসুং বিচার-বিকাসকী মীৎয়েংদগী হাঙ্গৈরবদি, পানীংঙাই তম্নীংঙাই ওইবা ঙাক্তনি ; মখল অনিমক অস্নিনা ঈনখৎলক্লিবা অঙাংশিংগী মনোবিকাস হায়বদি mental development সু মপুং ফাহনবদা মতেং অমা ওইগনি হায়বদা চিংননীংঙাই লৈতে। থাহৈ অমরোমদা হায়রগা, ভাব-প্রধান ওইবা বিচার-প্রধান ওইবা কবিতা মখল অনিনা মথোক কারক্লিবা অঙাংশিংগী মন্নবা থাখলবু ঙালহন্দুনা হুংবঙলবা থম্মোইবু

য়াকায়ঈহন্দুনা অচুম্বা-ফজববু পামহনবা অমসুং অনুভব তৌহনবা ঙম্মী, মখোঈগী মনোবিকাসতা মপুং ফাবা মতেং অমা পীবা ঙম্মী, নত্রবদি ভাব-প্রধান ওইবা নত্রগা বিচার প্রধান ওইবা কবিতা মখল অমতবু তম্নীংঙাই হীরম ওইনা তমহল্লবদি অঙাংগী মনোবিকাসতা অহোবা অমা লৈরগনি। মসিমক psychological fact অমনি।

শৈরেংদি সাহিত্যগী মরু ওইবা শরুক অমনি। পুন্সিদগী লাপথোক্লবা পুন্সিগা মরী শন্নদবা সাহিত্য অদো অৱাংবা থাক্কী সাহিত্য নত্তবনিনা তাইবঙ তায়োম্নরবা, মঙগী সংসারদা তাউত্নুনা লৈবা হায়বদি পুন্সিদগী লাপথোক্লবা পুন্সিগা মরী লৈনদবা কবিতা অদো অৱাংবা থাক্কী কবিতানি হায়বদা চিংনবা পোকই। করিনা সাহিত্যগী প্রেরনা-স্রোতদি পুন্সিনি, অত্নুগা ঐখোঈনা সাহিত্যদগী অমুক থৌইনশিন লৌত্নুনা অমদি ফংত্নুনা ঐখোঈগী পুন্সিবু অথোইবা, অশেংবা অমসুং হেন্না ফবা মখলগী পুন্সি অমা ওইহন্নবা হোৎনরি। অত্নু ওইরবদি ঐখোঈনা পুন্সিগা মরী শন্নদবা সাহিত্যবু করন্না অৱাংবা থাক্কী সাহিত্য কৌগনি? কলাগীদমক কলা নত্তে, পুন্সিগীদমক কলানি, কলাগীদমক পুন্সি নত্তে। এসোসিয়েশন্না সংকলন তৌরিবা "ফিদম শৈরেং" হায়বসি পাঠ্য পুস্তক অমা ওইনা ঈনখৎলক্লিবা অঙাংশিংগী কল্পনা-শক্তি অমসুং বিচার-শক্তি অনিমকপু বিকাস তৌবদা মতেং ওইগদ্রা খন্দুনা শৈখোমজবনি। মসিনা করিগুম্বা কান্নবা খরদং ফংবিরবদি নোমঙবগী মহে য়াম্লে হায়না লৌজগনি।

ঙসি এসোসিয়েশন্না মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা লৈরাং—ফিদম শৈরেং কচ্চবা ঙমজরিবা অসি সাহিত্য প্রেমী ওঝাশিং অমদি মরূপ মপাংশিংগী মতেংননি। অসিগুম্বা লেখকবৃন্দগী চাউরবা লমন এসোসিয়েশন্না তোল্লিবনি। মসিগা লোয়ননা মণিপুর সর-কারনা শেলগী মতেং পিবিবগীদমক ধন্যবাদ তৌজরি।

মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েশন
উরিপোক নাওরেমথোং ইম্ফাল। রেঃ নং২১৮

| লামাই | পরেং | অরানবা | | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|
| ২ | ২২ | স্নুংহ্নুনা | = | স্নুংহ্নুদা |
| ১৪ | ৬ | নিংশিংহল্লি | = | নিংশিংহল্লি |
| ৪১ | ১৪ | ,য়ংদনা | = | য়েংদনা |
| ৫৪ | ৬ | নৈচাকপু | = | মৈচাকপু। |

**N. B.** য়াম্না হাথু হাথুনা নম্বা মরম্না অরানবা থরা য়াও-থরে পাঠকশিংনা মাফ তৌবিয়ু। মথংগী থুৎনমদা চুমথোকচগে।

প্রকাশক

# ফিদম্ শৈরেং

## থিবা

শজিনা কস্তুরী থিবগুম
চিং-মান করা কোইহনা
অহিং মুংথিল নাইদনা
কনাবু নংনা থিরি?

সমুদ্র ৱাংম লান্দুনা
মরুগী লমদম পাংহনা
মক্কা প্যালেষ্টাইন চত্তুনা
কনাবু নংনা থিরি?

কোরান মাংদা থাহনা
বেদ নাকন্দা য়েংঙ্গুনা
অৱাংবা শ্লোক থিহনা
কনাবু নংনা থিরি?

লাইগী শেংলবা মন্দিরদা
গেরুৱা ফীজোন থোন্দুনা
ইরাৎ পূজা কত্তুনা
কনাবু নংনা থিরি?

খিয়িবা অত্থপ হেনবনি লাপ্পা
লৈবনি লাইজ-য়াওদ পুখ্রী,
শাংপনি মরু-য়াওদ থম্বাল
খোইমু ওইনা অোংজরু
লৈহি পেন্না চুপচরু।

অমুক চংগ্রবা
থম্বালগী মুংত্থনা
থংলরোই থোকফম
ঙাওগনি অমৃতনা।

শ্রীআইরম যোগেশ্বর সিংহ
ভূত পুর্ব্ব এমঃ পীঃ

---

## প্রার্থনা

অসিত্তনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা হে ঈশ্বর,
পীকৃলবা ননাইগী আশাগী মৈরিসে —
ঙালহনবীয়ুনে ইবুংঙো নহাক্কী নির্ণথিবা নিকুঞ্জবন।
পাক্লবা তাইবংগী কিরবা অমম্বা মমিত্থ।
তাহনবীয়ুকো নহাক্কী মঙালগী স্বাংমদা।
শূক্লবা চীংমুংগী চীক্লবা লোকমুংদা

খোংবিয়ুনে নহাক্কী শুক্ষ্ৎপা মুরলী বাঁশী।
থোৎলবী নোৌরবী বসন্তগী উরীশিংনা
য়েৎহনবীয়ু ননাইগী তেক্কল্লবা পুক্সিগী পামেলসি।
থাপ্লবা চীংহুংদা হুংশিবা তাম্নাগী খোঞ্জেল
শেংলবা অয়ুক্কী লৈনম পুরবী মলয়া
চাক্লবা থম্মোইগী অরোইবা ঈশৈগী খোম্থাং
তমথীরবা য়াক্লবা স্বর্গগী আকাশবাণী
তিলহনবীয়ুকো নহাক্কী হুংশিবা বাঁশীগী সুরদা।
হে ঈশ্বর! অসিতনি ননাইগী তোল্লবা প্রার্থনা।

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিং
এমঃ এঃ, এলঃ এলঃ বীঃ

---

## ভারত-বন্দনা

নিংতম্বা মালেমগী নিংতম্বা অতিয়াদা
পাইরি মচু অহুমগী ফিরান্না
হুন্নি মাইকৈ শিন্বা থুংনা
অহিংসা শান্তি, শান্তি অহিংসা।
নিল্লি নিংতম্বা ফিরালগী মখাদা
"জনগন" "বন্দে মাতরম"।
চহি কুমজা, কুমওন খুদিং
ফিভটিন্ আগষ্ট, রিপব্লিকডে

ভারত ইমাগী অনৌবা কোলোই
শক্তি শোল্লি মীপুম তিংনা
ভারত ইমাগী নিংথিবা ফিজোল
অশংবা, অঙৌবা, ঙা-ঙ্রানবা মচু ;
অশোক চক্রনা থাম্লবা য়াইদ
ভারত মচানা হিংলিমখৈ
হুমিৎ থা, পৃথিবী লৈরিমখৈ
থোনবিয়ু ভারত ইমাগী ফিজোল

জয় হিন্দ

কেঃ গুনেশ্বর শর্ম্মা, সাহিত্যালঙ্কার

---

## লৌরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিৎকী পি

হুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
চীংদা য়েংঙুই মন্থুংশি,
তমদা য়েংঙি মন্থুংশি,
নতুবুম খুদিংদা তাজেনে থরায় অপোকপী !
লোইবি শন্নাং খোইখোইবা শাংথ লেংথ চোইন তা,
মালং কাইদ শউম লাং শংবান চরৈ কোঙোম তা,
লাইজ তরং খোম্নাং হৌ হাজং থাখুম চোৎন তা,

পাম্নি কনা মণ্ডংলাং পীবুক হুংহৌনম্নিবা,
নমোম কনা মহাকথং খোম্লাং নৌহৌনম্নিবা
হুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !!

শকচনীঁঙিদা নচানা পলেম নঙ্গী মিথৈরোল
পেনা লুরেন খাদ থোং
শম্ য়েৎন চৈজিংখিং
হাদ সনা পুঁঙয়োল পলেম ঐগী অপোকপী,
থুকউ অনি নৈদ তা শকচনীঁঙিদা থম্মোইরোল ।
হুংশিদা ইমা কংলৈপুং, পলেম ঐগী অপোকপী !

থাংজীং চীঙ্গী চীঙ্গোল চং চাংশাং নাপোম য়াহিপ্পী
লোইবি চীঙ্গী মিংথৈতা চীংহুং কোলোয়নজবী
হারী কৌবি চেক্লানা তলা পামেল উরাং কোন
তমজবগুম পম্থৌ কা খোঁঙাই অন্না মপাউখোল
তমজনীঁঙি পলেম কা থম্মোই মাগী মপাউখোল,
শকচনীঁঙি নচানা থম্মোই পেন্ন নপাউখোল,
হুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !

পামেল উশা খিবিক্লা ঙাঁঙ্রা য়েন্নীং হুল্লকপা,
শীঁঙেল নৈকা পূম্বনা ঙাঁঙ্রা নৈশাৎ তম্লকপা,
ঙাঙোই নৈম মমিতা কৌজবগুম চেক্লানা
কোলোয় মাগী পিথাদোই হুংশি ঈচেল নৌহোনা

থাদোই থাদোই পিথাদোই হুংশি মঙলাম মঙলোন মঙ
লৈরাংজনিংই নচানা পলেম নঙগী মিংথৈখোল !
হুংশিদা ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপী !

য়াইফথিদা মৈদিংগোল শৈরাং থৌগল ফংখিবা,
পেনা লুরেন খাদা থোং হুংশি খোল্লোয় মেঁঙবা,
চৈজিং মনীং তোনা খিং মবোল থম্মোই খোল্লবা,
থোকত্রে ইমা নচাই কা নোংদম থীবা য়াইথীবা
তম্বীমমদ্রে হীরৈমা লাইবক থীবা নচাই কা
থুপত্রে পেনা হুংশিখোল,
লোংত্রে চৈজিং শরিকখোল

লাচ্চবদা মতাবে হুংশি চেংলৌ মশক্তম
মিংকী পিনা নখোঙ চায় থম্মোয়হুংদা থুপ্প থম।
থম্মোই মানা পামজবা থুপ্লসনু থম্মোইহুং
পুক্নিং মানা তাঙবা লোংলসনু লকাহুং।
খৈবোল ঈবোক চল্লবা লাইজ ঈচেল অপিথক
থৌহু হুংথোঙ হাঙমদা কোয়ঙাওনমা ঈরোক্নুং
লাইজ ঈচেল পুম্পিচুপ লৈজবগুম কোয়রৈলে
থম্মোইহুংদা থুপ্লিবা পলেম হুংশি ঈচেগৈ
লাইজ ঈপান শোক্ন পোক থম্মোই হুংথোঙ হাঙমদা
থম্মোইহুংদ কৈদৌনি নৈরগনু কোয়রৈ লৈ।
চেল্লসনু লৈনা লৈ কোয়ঙাওননা ঈরোক্নুং

চৌঙসনু চোংন-চোং মালেম মাগী লৈরোম্নুং
লাইজ ঈপাল চাউনবা হয়েংমুকী লাঙোম্নুং।
লাঁঙম্মগে হন্দক্তি নোংদম মাগী নোংদমলোল,
পলেম নুংশি মিংথৈরোল, ৱারৌগনু থম্মোইখোল !
নুংশিদা ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপী !

লাঁঙম্মগে হন্দক্তি মিংকী পিরিক পরেং লেং
শীংআম্মগে খোল্লাংমল,
কংলমলগে নুংশিমল
'মিংকি পিম্মা ভক্তা শক থম্মোই শোক্ল পরেং লেং
লৌবিয়ুনে চাম্মশক পিরিকনা থোল্লিকমম
শকচিনবিয়ু 'লিশিং চিং পিরাং 'মনা নুংশিমল।
নুংশিদা ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপী !!

শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহ
বীঃ এঃ

---

# লৌমী

ভাবকী নিংথৌ কবিনা ব্রাখল ঈথক ইরোয়না
থম্মোইগী ঈহৌ শৈহেক্না তাইবঙ, শক্তম য়েকপগুম্না
লৌমী নহাকসু অছেবা লাংগোল-খোর্জৈ পায়দুনা
লৈমাঈ-কোর্বাক খোংপদি পুন্সিগী শৈরেং ইবরা ?

কবিগী ব্রাখল মিতম্না ভাবকী ঈথক হুংয়েরে
শৈশক মাগী তাম্নেংনা নমুগী থম্মোই হুডোল্লে।
মহৈ মরোংদি মিতম্না ফোরোং চুমনা শক্তমলে
লৌমী নহাক্কী শৈরেংনা তাইবঙ পুন্সি য়াইফরে।

কবি মহাক্না কল্পনা থম্মোইগী চিঙ্গাক হুনবনি
লৌমী নহাক্তি অছেবা তাইবঙগী পুন্সি য়োকপনি।
কবি মহাক্কী পুন্সিসু ইয়াম্বা নহাক্না থাকপনি
অছেরেম্বা মিংথোলনা লৌমী নহাকপু মিংশৈগে।

ইয়াম্বা লৌমী নহাক্তি লুহুপ য়াওদবা লৈকোক্নি
লৈবাক পুরিবা অঙম্বশিং নহাক্কী নাম্না হিংবনি।
নিংথৌ প্রজা অপুম্বসে নহাক্তনা থাক্লকপনি
নিংথৌগীসু নিংথৌনে তাঙবল ফাওবা নহাক্কীনি।

অচৌ-অশাংনি হাঈরিবশিং ললগী মপু ওইরিবশিং
ফম্লম লল্লম থন্দনা ভৌবিমল অপুম্বা খোঙ্গাওনা
লুব্রাউবা নত্তৌ উবদা ফিজেৎ মোৎলিক্কে। থল্লুবদ
হম্বনা য়েংনবা মীৎয়েংদো থম্মোইহুংদা নোক্লীংই।

নক্লপ কাওরেন শাগোম্না অর-তিতি খোন্‌য়েনা
লৈথোম, ঈশিং লৈওন্না হমাং ঈরিক ঈফুৎনা
নোংজু হুংশা লাম্বেংনা নশাগী ব্রাথল তুংওইনা
লৈবাক্কী চিঙ্গাক ভানবদা নরুকুম্না মব্রাবা।

নক্ক তেকনা শুজরগা লোপুগী মকোৎ মথৈন্নে
নশা কেম্না নোম্লগা শেনবুগী দোলান মশানৈ।
লোশাল শন্‌শান মত্তমত্রে চামেল ফোদম মশিংখ্রে
নঙনা কোকনা পালহৌই, থাংপোক্তগী মহেন্দে।

মশাগী ব্রাথল তুংওইনা মীগী য়াইফ মাঙওইনা
সেবাগী লম্বীদা চৎপদি অচৌবা শীংদা চন্‌বনে।
লোমী নঙবু লুব্রাউবা লৈবাক-প্রজা য়োকলিবা
মহাত্মা হায়না কোলোইগে কর্ম্মযোগী মিংথৈগে।
মশানা চরা হেল্লগা মীগী মবুক থলহনবা
মরন্নাই ব্রানা লেল্লস্থু লৈবাক্কী য়াইফ থৌরাংবা
অশেংবা সেবাগী মওংদি কর্ম্মযোগকী পারাদি
তম্মীংঙাইনি নঙোন্দগী নঙনা খাইগী গুরুনি।

ইয়াথা লোম্বী লাইরবা নহাকী মতম য়োরকলে
গান্ধীজাগী মপান্ত পুরছনা ভাবে যাত্রা হোৎরে।
যুগকী ঈহৌ অকনবা মালেম শীনবা য়োর কলি
প্রজাগী রাখল য়াকাঈরে সর্ব্বোদয় সমাজ লাক্লনি।

শ্রীনারেংবম যোগেন্দ্রকুমার সিংহ
বী: এ:, এল: টি: (বেসিক)
স্মা: ভা: কোবিদ

---

## অমতানি

শ্রীপঞ্চমী হৌরকপদা
অনৌবা এনাও উরকলে!
সুংথিলগী মখৈদা
উ:চেক য়ায়া মপৈ মপৈ পাইরকলে।
অশংবা উনারকতা
লৈ-সু চবুম চবুম শাংলকলে।
খোইমু খোঙেল তারকলে।
শাবী শানৌ ডাওকয়কলে।
বসন্তগী মতমদা

খোংজ্রে উচেক মচা অমদি
অক্লাদা মচু ইপোন পোম্না লৈগ্রে।
ঈশৈতা শক্তুনা,
লেল্লম্বা নিংথমথা চুপ্না
[illegible]সি য়োর[illegible]দা
লৈগ্রে, [illegible] [illegible]না।
মতৌসি উবদা
অ[illegible]কপা [illegible]পুনা
[illegible]-অহৈ [illegible]জাবৈ
লৌশিং পোরম থি[illegible]ই
[illegible] [illegible]
[illegible] [illegible] [illegible]নবিরে,
মসিদা য়েংলগা
[illegible] [illegible]কই চেক্লানা
"[illegible], [illegible]না পো[illegible]গাত্রা ?"

শ্রীপদ্মকুমার সিংহ
বী: এ: (ওনর্স)

# পাওতাক লৈ

পাখি কোমথি লৈকুংলৈ,
গোবিন্দ চরণ য়োনরৈ,
পাওতাক অনি পিনরৈ।

চায়াম পোকপী চকুংলৈ,
ওলাং থাগী উরুমলৈ,
মালং শাফু মায়োক লৈ।

মকুতনা কুয়োম লৈ,
খুদাপ পাঙ্গল উৎনরৈ,
লাইর তাইবং পুকচাকলৈ

লমলেন থিবী চিদাইলৈ,
তাইবং ইংখোল ঙান্নরৈ,
লৈকাই মাকোক থিনরৈ।

লাইজ ঙাংখ পুনরৈ,
ইকং থাগী তনৌ লৈ,
ইতাং কুমগী তেংবাংলৈ।

অইং থাগী নাকংলৈ,
মকু স্থুরা শানরৈ,
তাইবং মুংশা পিনরৈ।

মনা পাত্রিং নাশাংলৈ,
অশিবগী য়াহিপলৈ,
মুরা পাখং ভমদাইলৈ।
ফিত্থপ চানা নাচোংলৈ,
মোংলিক লধা লাম্বারৈ,
শরেপ কার নাফল্লৈ।
নৌনা শরেপ কানরৈ,
নিংথৌগীদি মায়োকলৈ,
বজ্রগীদি পুকোক লৈ,
মউ লাইজ তাউনরৈ,
ইচাও কুমগী উভামলৈ,
অশি তুঙ্গা শানরৈ।
মকোক মনা পুন্নরৈ,
সাধুশিংগী চালুকলৈ
লমথাংগী ইতুপলৈ।
কুয়োম চেৎনা উতুপলৈ,
য়ারো শদল থানরৈ,
অশিবগী মোনথাংলৈ।
মউ চুন্না কানরৈ,
মনা কোকথোং পুনরৈ,
জাতি শক্তম মান্নরৈ।

উতোন লৈশাং তম্নরৈ,
মনাতনা চয়োম লৈ,
লৈকা ফন্না শাৎনরৈ ।
মহৈ মপান পুন্নরৈ,
তাইবং খোইমু মুন্নরৈ,
পুন্না হৈজিংফানরৈ ।
মহৈ য়াল্ল শিনরৈ,
শিন্থা লোইরে তাক্লরৈ,
তাইবং পাওতাক পীনরৈ

শ্রীহিজম মকর সিংহ
"গোল্ড মেডালিষ্ট"

---

# ফিরাল উবদা

ঙসি ঐখোয়গী ইথক্ত পাইরিবা
মচু অহুন্না পুনবা ফিরাল'সিনা
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা ।
বৈদিক যুক্তগী হৌরতুনা লংলবা ভারতকী গুণ
ময়াই ওইবা যুক্তা রাম-কৃষ্ণগী গুণ
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা ।

মহারাজ পুরু, মৌর্য্য চন্দ্রগুপ্ত পৃথিরাজ চৌহান
ইতিহাসকী মুক্তা শান্তি পান্নবা অশোক নিংথৌরেল
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

ভারতকী রাজধানী দিল্লিগী সিংহাসন
মুনখি মতম অমদা মোগোল জাতিনা
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

অমুকসু হন্না মুনখি অঙৌবা জাতিনা
সমুদ্র রাংমদগী লাক্কুনা ভারতকী লমদমদা
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

অকনবা লানফমদা নিংতম্না ভারতনা
অকনবা কয়া কয়া কিবা লৈতনা মথরাই থাখি
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

মীশাতনা লৈখোম ওইনা থোকখিবা
ঈ-তনা তুরেনগী মশক ওইনা চেনখিবা
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

মীখুত্তগী ইথুৎ চল্লবসিদা অমুক হন্না
নাম্নোকখিদনবা মীখুত্তা অমুক হন্না
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা।

ঙসি ঐখোয়গী ইথক্তা পাইরিবা
মচু অহম পুনবা ফিরাল 'সিনা •
নিংশিংহল্লি ভারত মচা 'পুম্বদা ।

শ্রীজগদীশ শর্ম্মা

---

## নুংশিবা

মুরবা 'শম্লাং মথক্তা
'অঙৌবা 'কুচু শংখরে ।
কফোই মানবা য়াতাগী
ফজবা মতৌ মাংখরে।

পামদবা শকফম কয়ানা
চঙবিরক্লে ঐগী পুন্সিদা ।
মাঙহনবিখ্রে নহাগী মতৌ,
লৈহনবিদ্রে ফজবগী মওং ।

আশানা ঐবু থাদোকপিরে,
মায়াগী লাংনা পুনবিদ্রে ।
পামজবা নিঙজবা পুম্নমক,
তিনখ্রে হুম্নিদাংৱাইগী মঙান্দা ।

মতম অমগী,

আশানা থল্লবা থম্মোইসে,

ঙসিদি ওইগ্রে হাঙলবা পুক্কৈ।

থৈনা থল্লম্মী,

আশাগী মঙান মুৎখিবগুম,

মাংথিগনি হুংশিবস্থু।

অতুবু,

অহল ওইরগা হেল্লকই হুংশিবদি,

হুংশি ঈথক ঈপোমদা,

ব্রাখলগী জগোই শারমই।

অশেংবা হুংশিবা হায়বসে,

শিবা নৈতে।

মাঙবা নাইদে।

পূন্নমক মাঙখি লোইখি

মহাক্তনি ময়েং তাদবা।

কুমারী থোইবী দেবী

বীঃ এঃ, বীঃ এডঃ

# থম্বাল মরিক

লৈকাই অমদা অমা
য়াওবদা তাইবং শাৎপি—
হৌরকপা পাখং কয়াগী
থম্মোইদা চেৎনা লোৎপী।

অয়ুক্কী শিঙ্গারৈনা লৈমাইদা
লৈচু থোক্তনা চাইরিবা,
মুংঙাইনা শাগৎলুবা মংলান্না
মপুং ফাদনা কায়রিবা।

অশাবা লৈঙোইলমগী লিক্লানা
মিকুপ ফাদনা মাংখিবা,
মিওই রাখল লিক্লানা
পুক্লিং ফিরেপ লাংখিবা।

তাইবং মালংপানসে
পোকপা শিবগী থোংদা
চংথোক চংশিন শান্নবনি
শিব য়োৎলিনা থোংদা !

থম্বাল মরিক অংথাইবী
অশিংবগী মরৈস্থ য়াওদা ;
খোইম্থ চিরোন ম্নোনফম
চৎসি খোরকই লাওদা !

শেনপাওদা ভুংভিবা লৈহিদো
লোংলৈ মুংশিং লাকপদা
লৈমায় থক্তা হৈথবা
কনা য়াওবিনি থাকপদা !

থাজমানবী হায়ত্বনা
কোয়না চিরোল তৌরিবদো
মাইথোং থাজনা মথ্বদি
হন্না তাখিগত্রা কৌরিবদো ?
নং ঐনা লৈত্রবস্থ
অতিঁয়াগী থাজদি উগনি
নং ঐনা লৈরিবা
লৈকোলসিদগী লেংদনা উগনি !

পুম্নিগী লীলানা লোইবদা
অরোইবা ফিজং থাদবদা
মাংগদবদি নং ঐতনি
লীলা মপুং ফারবদা

ঐখোয়না লাৎচবা লাইনা
ঐখোযবু ইকায়বা পিরবদা
ঐখোযগী লেমজফম অমত্তা
ফংঙরোই মাঁবু কিরবদা

লীলা য়েংবনা চেজেৎ অমদা
মশাগী লেমজফম য়োল্লিবা ;
নুংশিবা ঈশৈ অমগীদম
মশাগী মিংচৎ য়োল্লিবা !

লীলানা লোইবদা থাউমৈনা
মম্বদা কনানা কদাইদনো খংদনা
মাইকৈ তোঙান তোঙান চৎখিবা ।
অবোইবা নুংঙাইবদি ফংদনা !

লেংদবা পুন্সি খরুংদা
রাখলগী ইরি থম্মগা
খাঙনজুনা থকপা কমদৌনি
খংঙে হায়না থম্মগা ?

খল্লুবা কান্নদে মোংফমগী রাংমদা
হৌজিক্কী নুংঙাইবা মাংহনবা হৌনদে,
অরাবগা—লুহোংবা মীবু
কনানসু অশিংবা কৌনদে ।

শ্রীএস, নোদিয়া সিংহ
বীঃ এঃ, এলঃ টিঃ (বেসিক)

# তাও ! তাও !! তাও !!!

(১)

তাওকো হে তীর্থ যাত্রিক
তাইবঙ লম্বীগী পথিক,
পামেল ঐগী মান্নীসে,
বাথোক চবুনগী পুন্নাসে,
পাম্রি নাপদা পা[illegible]গে
নাপ চিক্না য়াম্নাগে।

(২)

ইপাগী ইবুংঙো হুংশিবা
পুন্সি লম্বী চৎলিবা;
ঙসি শিনি পাউজেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাকতে,
ইপাদি চহি য়াম্লেদো
কুমজা চাত্রেৎ হেল্লেদো।

(৩)

অহুঙৈগী মাফমশিং
থাইনঙৈগী থোদোকশিং;
নিংথৌ কয়া শিনথিবা

লাঙাউ কয়া থোকখিবা
ইপাদি লোইন উহৌই
পুম্নমক শীংনা থংহৌই ।

(৪)

থাংগি শান উরকই
অবা লানম্ যাওরকই ;
চহি ছরেং থুন্তাকপা
মৈতে থুঙং মৈচাকপা
ইপা ভাবোক ওইরকই
পুম্নমক লোইন উরকই

(৫)

ইতিহাসকী লমদাংদা
করম করম্বা লমজোঙদা,
রাজনীতিনা তুখিবা,
লৈবাক্কী অমঙ্গল থোকখিবা ;
ইপাদি লোইনা খঙইদো
পুম্নমক লোইনা উখিদো ।

(৬)

মথল মথল উরিকপা,
মথেল মথেল খঙঅকপা
লৌশিং মচেং মচেংসা .

খৌদোক রাখোক কয়না ;
ইপাগী রাখল চাউরবি।
জানগী পূকৈ থমহল্লী।
(৭)
মতম তোরৈ অয়াংবা
লেপল্লে লৈতনা চেল্লিবা ;
মীরোল কম্না পুথকে ;
লৈরোল কম্না কাওথত্রে ;
পাৱেম ঐদি লৈরক্লি
তোর্বানথক্না লেপল্লি।
(৮)
ইপাগী পাম্মোম লীশিংসে
খুৎশা কোটি পানবসে ;
অতোনবশিংবু কল্লবা,
অশোনবশিংবু ঙাকবা ;
লৈশেম্না মীগী খোরাংনি
চীংঙু মাগী খোজাম্নি।
(৯)
হুমিৎনা চীংয়া থাংররাই
চীংমায় উরুম লাংবরাই ;
পাম্মেল ইখুৎ লীশিংনা

থুংলাম থুংখং তোয়ছ্না
চেক্লাশিংবু কোনশিনবী
অহিং চুপ্পা কোনশিনবী।

(১০)

নোংঙাল্লমদাই ওইরকখৈঙে
নোংপোক চীখে হুল্লকখৈঙে,
মালংনা লিরি হুম্লকপকান
ইপোম্না ব্রা ব্রা হৌরকপতাল
পামেল ঐনা য়াকায়বী
চেক্লাশিংবু—কোম্হোকপী।

(১১)

তলা পামেল উশাথক
য়ারেক চেক্লা অপিখক
শাগল তুফাং থপ্পখি
মায়কৈ চায়না পাইনখি;
পামেল ঐনা য়েংহৌই
থরাই পেম্না নোকহৌই।

(১২)

শজিবু থামৈ লাল্লকপা
কালেন থাজীন ব্রায়রকপা,
মালং নোংলৈ লাকপরাই

তাইবঙ প্রলয় হৌবরাই ;
পামেল ঐনা রাখিদো
থরাই কয়া কনখিদো।

(১৩)

ওল্লাঙথাগী মুংশানা
খাম্বী মৈশুম শারকপা,
তাইবঙ পুম্বা রানথৈ
হাহা কার লাউনথৈ ;
পামেল ঐনা য়োকখিয়ে
অহৈংবা উরুম পীখিয়ে।

(১৪)

অরাংবা লোইবী চীঙয়াঙখাঙ
রাকচীং থাগী উল্লাংখাঙ ;
রাংনা চাউনা লেপ্তুনা
খুৎশা লীশিং খন্দুনা
ঈরোই ঈনাও কল্লকপনি
ঈউ শোক্না লেল্লকপনি।

(১৫)

খঙঙু পারি মুংশিবা
কৌব্রু চীংজাউ কারকপা ;
ইপানা কুইনা হিংবদি

চীংলাইপক্কী থুভমদি ;
খ্বাইগী ওইনা হিংবনি
সেবাদা কৎপা পুল্লিনী ।

(১৬)

যুগকী ঈচেল মায়োক্তা
মতম তোরৈ তোর্ব্বাম্দা ;
চীঙ লেম্না হৌরিবা
ব্বাং চাউনা খিল্লিবা ;
ঐনি পামেল ব্বাংথোইবা
চীংলাইপক্তা লেপ্লিবা ।

(১৭)

কাউন্‌হু পারি হ্নংশিবা
তীর্থ ভ্রমণ তোরকপা ;
নংনা হয়েং হনথ্রগা
নরম কংলৈ য়োথ্রগা ;
ইপাগী ব্বাসি তম্লুকো
মীপুম খুদিং য়োরুকো ।

(১৮)

ননিংথোদা হঙংলু
নবুংঙোদা ব্বাকৎলু ;

লৈঙাক থৌরম পুবদি
য়ায়তোঙ ফম্নেন ফম্বদি ;
পামেল মতৌ তমগনি
উজাও পুন্দি লেনগনি।

শ্রীনারেংবম ইবোবী সিংহ
বীঃ এঃ গোল্ড মেডালিষ্ট

---

## মালেম লৈমা

কবি পুক্নিং হুনঙাই মালেম লৈমা শকহেনবী
ঋতু তরুক খোংথাংবী খোংথা তাম্বা কায়দবী
থাংলে ঙসি নহাক্কী অহুমশুবা খোংথাংদো
শরৎ ঋতু খোংথাংদো, খোংথাং তাম্বা নাইবীদো
খোংথাং তুংইনা চেংলৌ য়েংবদবু মীৎ থুপ্লি
মীৎফম হোংবা য়াদরে য়েংহুনদা লৈনিংলে
লৈচিন নোংফাই চেন্দ্রবা শংবান্নবা অত্যানা
কোরোইনগী শক্তমবু উৎলিদকো ফজনা
তুংথিল কোবী লাইরেম্মা ইমা মাগী মাইথোংদি

লোন শুদবী খোর্জৈনা ঙমদে শুনা থাবদি
অহিং তাংলৌ লাইরেম্মা করি অমুক হায়গনি
থাবল মাগী ইপোম্নাং অয়েং মীৎপু তথক্লী
ইমুং 'মুংবু কাউজবা শাবী শানৌ কয়ানা ?
লোন শুদবী খোর্জৈনি পাঙ্গল শোনবী মহাক্লী
থরো থাজ অমিত্বু করম হায়না পান্দম্নী
'পান্দম্নঙাই লৈতনা ফজরবী শকহেনবী
করম লৈশি লৈথোন্নি মালেম লৈমা নিংথিবী।
অসি হায়য়ু নচাদা থমুং লকা য়েৌনবা
থোৎল চিনবান ম্নাৱাদো তাগে পুক্নিং থুংনবা,
নংগী শরৎ খোংথাংদা ব্রজ নিংথৌ পারিনা
গোপী থম্মোই ছুনবা খোংখিবদি বাঁশীনা
তাদববু য়াওবরা খংদববু য়াওবরা
শরৎঋতু থানিলদা অমুক হন্না থোক্কদ্রা
রাম লীলা নিংথিবা চাংদম্নঙাই লৈতবা,
ব্রজ কানাই শকহেনবা মাগীদমক মওইবা
অহিং তাংলৌ থেংবদা থাবল ইপোম লাংবদা
ব্রজ গোপ গোপীবু য়েংজনিংঙি রামদা।
ওইথোক্কবা ৱাথন্নী পাম্বগীবু হায়বনি
থুরুমজরি মঙোন্দা, ৱাথল অসি ঙাকপীনি।
অত্তবুনে অত্তবু মালেম নংগী শরৎসে

হৈরাং লৈরাং চাউরীসে কাঙবা মুকুওম ঙমদেসে।
শরৎ থোংথাং থাংবদা নিংশিংলকই ব্রজ রস
থরাই মভা মাউনবু য়েংজনিংঙি ব্রজ রাস।
ঙকয়ি ঙকয়ি মালেম-ও নংগী ঋতু থোংথাংদি
লোন শুদবা থোইবগী থম্মোই শুম্লি কয়দি।

শ্রীশীতলজীৎ সিংহ,
বীঃ এঃ।

---

## খোম্লাং-অমম-শিংঙমদে

১

হাদা পলেম অপোকপী,
লোইদাম তরা নাওপুবী,
ফৈরা থক্তা নাও-ইনবী,
শম্ নমদা নাও-কোইবী।
খোম্লাং-অমম-শিংঙমদে।

২

খোম্লাং ঈগি ঈথাইনা
পুক্সি ঈচেল-পিরিবী ;

তরা চইন চাক-থাক্লা
মীওই মপুং ফাহনবী।
খোম্লাং-লমল শিংঙমদে।

৩

নাওথেম-নাওশুম-শৈরোন্দা
চিনবান মরাং হৌরবী
নাওশেল-নাওকম্নবদা
নশা নহাম তারবী
খোম্লাং-লমল শিংঙমদে।

৪

তাইবং-লোনচৎ তাক্তুনা
মীরম্লেনদা তিলহন্‌বী
পুন্সি পোলোই তানব-ফাও
নচাগীদা খনবিবী।
খোম্লাং-লমল শিংঙমদে।

৫

থৌরম-থৌদৌ থুদিংদা
হকপু-মাইপু-নরবী,
নচাই মিপাইজবনা
ইপাই লাইমল চেম্লবী!
খোম্লাং-লমল শিংঙমদে।

৬

"হঙা" শৈনা শৈহৌবা,
"অয়ো" শৈনা শৈরোইবা,
পুন্সি শৈফম অসিদা
"পলেম-শৈও" শৈন্নুংশি
খোম্লাং-লমল শিংঙমদে।

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ

---

## শক্কী-নাপল

নোংমগী কোরৌ মুমিৎতা
ইম্ফাল তুরেল খোংন্নুংদা
তোর্ব্বান চাংজৌ মথক্তা
লৈঙোই শেক্তা মরক্তা
কোক'মা তাহুনা লৈরম্মী।

কোক্কী মওংদা মঙাইরে,
উনশা তোংস্নু য়াওদরে,
শম্-না 'পুম্বা কেনখরে,
শরুগী শরুক্তা মঙাইরে
য়েংবদা অকিব'মা ওইরম্মী।

হুমিদাং-ৱাইরম কান্দুদা,
অকংবা শক্ল কোক্তুদা
হুংশিংনা ভগ্না রৈবদা
মাপংগী শন্নাই ফংবদা
খোঞ্জেল অমা খোরক্লে ;

মখোল অহু ভাবদা
খাঙ্গরে ঔগী থম্মোইদা,
মওল মওল থল্লুরে
মখোলগী লংজিল থিরুরে,
কাঞ্জবক্রবা ৱাহৈমা ওইরে ;

ৱাহৈ অহুনা থম্মোইদা
মতম হুইরনী দমক্তা
হৎতুনা লোহগী মজদা
কাওংমলোইদবা মতৌদা
লান্না ইরভুনা লৈথরে ;

"শক্কী নাপল ভৌবশা
শক্তা থৱাই লুপ্পশা,
অরেম্বদা ময়াই কাহ্না
উ-না তা-না শাংদনা
অহৌবা শুংশেম থংদরে।

"হাইফেৎ য়েংবা মিৎয়েং,
মোমোম নোকপা লৈতেং,
নুংশিবা ব্রাহ্নেগী লৈরেং
নিংথিবা গুণগী পরেং
পুন্নমক কদাইদা চৎখরে ?

"ঐহাক্না মতম ফরিঙৈ
পুন্সিগী মতম্না লৈরিঙৈ
ফজবা খিবিক্না তিল্লিঙৈ
তাইবংগী পেন্নকম ওইরিঙৈ
মতম'ছু কৈদা চৎখরে ।

"মতমগী কল্লবা ঈচেন্দা
অপনবা লৈতবা খোংচত্তা
তিনখরেদো মীৎনকুপ্পদা
অথাকপা লৈত্রে করি'মতা,
কাওশিংগুম্না তাওখরে ।

"লেমহৌরিবা শরুক অসিসু
ঐ কৌদ্রবা শরু'সিসু
হুমিৎ খরদং লৈরগা
মালেম খোংগাওনরগা
তিনথ্রগনি থিন্দনা মালেমদা ।

"থব়াইনা হকচাংদা লৈত্রবদা
শরুদা উন্না কুপত্রবদা,
কনা হন্না য়েংবিদনা
ঐগুম্না অস্নম মাংখিহনা
তাইবংদা মমিফাও উররোই।"

শ্রীমৈত্রম বীর সিংহ

---

# পামজবা

পোক্নাই শিনাইদবা-ও!
তাইবং মপী-মপা-ও!
নংগী মালেম লৈময়োল
লৈশেম-সুংশেম-লৈঙাক্লোল
য়াইবিতগী কাংলোন্নি,
নংনা পো-থৌবতনি।

২

পোক্ন-য়াইনা পাদম্বা
পান্ন-য়াইনা পান্দম্বা
শি-ন-য়াইনা.পোলোইহন

তাইবং ময়াই চম্নহন
মকাও-য়াইনা কাওহল্লে
শিনি নানি থংহল্লে।

৩

হক্কী পোন্দা কাইদোংবা
মিরেল ওইনা শাইওনবা
নংগী পোরম মঙানা
পোরেপ পোথ্না লৈতনা
হৌফম পোফম তানবদা
য়াংদৌ লম্মুক হনগন্নু।

৪

কোরৌ মঙাল পামজদ্রে
মালং নোংরেলস্থু মিহৌদ্রে
মালেম তাইবং লৈকোইবুং
অল্লা-ভুংঙাই ফংনপুং
অমুক হন্না ফংজরোই
হৌফমদগী হেঞ্জরোই।

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ

# পাইরিবা কুরাক

কংলবা লৈতঙ্গাই মথক্তা পাইরিবা কুরাকতু উবদা
কপলম্বা অঙাং অমদি মমীৎ কুপ্তনা য়েংখ্রে ;
ঙাঙলবা চিনবান্দু নোক্লক্লে কুরাকী ফজবা য়েংবদা
মমীৎতগী মপি তৈথোক্লা থুনা য়াংনা চংশিনখ্রে ,
ব্রাংন'মুক নেম্ন'মুক পাইরিবত্থু মখুৎনা লাম্বা হোৎনরি
নোরবা মখোঙত্থু ঈ-রক্লে হুমাংনা তত্তনা শিম্বরে ;
ফাবা কৌবা ঙমদ্র'ত্থদা স্বর মপী হোম্বরি
তুরোই ঙারোই লাক্তুনা মমাগী তম্পাক্তা তুমখরে

থোনাগী ব্রাংমদা লৈগ্রবা, ফজবা নীংথিবগী সংসারনি
ঙহাক নোকহনগে মওংদা কুরাক্কুম নমাংদা পাইবনি
নংগী ওইবা শোঈম্বরোই খনবদা অব্রাবা কাওবদো
মত্থনা হেন্না ব্রাগনি নীংবা কায়না হনবনা
ব্রাংগ্রবা আশা মঙত্থবু তাম্নবদা চোকথরবা নশাদো
শোইদনা চংজফম পিগনি মীওইবগী মরূপ সিব'না ।

শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মা
বীঃ এঃ

---

# হেং নহারোল

রাষ্ট্রগী ইতিহাসনি নওদি
কল্লব মৈগী মৈরীনি
চাক্কুনা লৈরিবা মৈফুনি ;
অরোইব ভুমিংকী মৈহুম্নি
তুম্লব, থৌরব তেঞ্জিন্নি ॥

নওদি য়াওন চেপ্পকপা ঈরৈনি
মোংলৈদগী হেন্না কনবনি
লাঞ্জীং পুরেম্নি নহাক্তি ;
দেশকী তুংগী আশানি
প্রলয় কালীগী ঈশৈনি ॥

ইন্দ্রগী বয়দাম্নি নহাক্তি
লেঙ্দব বলিদান মতম কুইনগী ;
দেশকী অকনবা লাম্নীনি ;
জাতিগী লাইবক নোংদম্নি
রাষ্ট্রগী ইতিহাসনি নহাক্তি ॥

শ্রীবীরেন্দ্রকুমার সিংহ
বীঃ এঃ

# অশিবা

হে অশিবা ! করিগিনো নঙবু কিরিবা ?
করি লৈবগে অথূপ্পা জীবনা খণ্ডজবা ?
অমনবা য়ুম শিনবনি হায়নৈ শিবা নঙ্‌না,
মসিনা অরেপ্পনি পণ্ডিতশিংগি য়াদা।
অমম্বদা কিরগা অঙান্‌বদা হুংঙাইবা,
অশিবরা মসিস্নু লাইনা শেম্ব থূৎশেমদা,
খঙ্‌নরবা য়াথল্‌লা, হায়ফদবা য়াফমলা ?
সিকা লাংনা উপ্পুনা তাইবঙ্‌ থরায় শুম্বরা ?
কোরও-হনবা মশেকনা মায়া লাংবু ওইবরা ?
পলেম্‌ পীপুকমুংদগি মালেম্‌ লৈতারকঙৈদা,
'হঙা' হায়না কপখিবা নাউরা মখোং কাওখিবা,
নাউরানা হীক্না কপলিবা তাইবঙ মাবু কিবরা ?
শিবা নঙবু কিবনা নাউরানা 'হঙা' হায়বরা ?
থমমুং শরা তাল্‌লমদাই কোরও নোংবু য়েংখিবা,
মিৎস্না থম্বাল অনিদা লাইজ ঈরা শিনথবা,
কপ্পগি মরম করিনো পোকপা শিবা অনিদা
অরা-হুংঙাই অনিমক মাননবরা তাইবংদা।

কৈদোই শিরগা, কদাইদা চৎলি মখোয়না
অমম্বনি মাত্রস্ন খল্লুবদা ঐখোয়না।
ঙসি শিনি পাউচেনদ, হয়েং শিনি পাউতাকত
অমম্বদা চৎপনি তাইবঙপানগি শাজৎতি।
থানিননোংগি থাজনা মঙাল মূৎফদে।
মতোম মতোম মমূৎথি চিঙখৈ মঙাল ফংবদা।
মুংঙাইবগি ঙমখৈদা অৱাবনা লৈবনি।
অৱাবগি মহুৎতি মুংঙাইবনা শিনবনি।
থৱাম্মিচাকনা মাঙবগুম চিঙখৈ ফিত্রুপ হুনবদা
তাইবঙ অৱা' কোকপনি 'শিবা নঙনা লাকপদা।

শ্রীমোইৱাংথেম চন্দ্র সিংহ
সাহিত্য ভূষণ।

---

# ইরৈবাক

কোরৌ খেৎনা ৱাংলবা, মালেম তুনা ফাওরবা,
চীংশাং নাপোম শাংলবা, মাইকৈ অমনা শন্দোকপা॥
লাইগী থুন্দা অহানবা অৱাং স্নজীং অচৌবা,
বেদ মপান থারিবা, পুরান মউ লিংলিবা॥

উল্লেন তুংফম ওইরিবা, শিবগী লৈফম ওইরিবা,
য়েক্ক ডাকে মতাগুম লালগী কিলা শারিবা ॥
অরাং চিদাই ভমথৈদা ব্রাংনা শাংনা তান্নিবা,
কোয়েৎ ফিশাং তাবগুম, পলেম খৌগল তৌরিবা ॥

য়ুম্ফম অহুম খোল্লিবা, লাইগী য়ুম্ফম ওইরিবা,
পোৎকী হৌফম ওইরিবা, য়াইবী তুংফম ওইরিবা ॥
পলেম কোলোই হায়রগা ভারত পোকপী ইমানি,
পারি মিথে তুংইন্না ভারতবর্ষ কৌবনি ॥
ব্রাত্ত-পাদ ইমানি অকন-পোকপী-পলেমনি,
ইমাই করি ব্রাংকনি পারি নমোম চাওরকলে ॥
অথৌ লাঙ্গোল্লব্রী পুকচেন চাওবী—ইমানি,
সাধু কয়া পোকপীনি, ভক্ত কয়া য়োকপীনি।

মচু কয়াগী লৈরাং, মখল মথেল শাংলিবা
পলেম-লৈকোন চাওগোইন্নুং, পম্লৌ শুমাং মথৌবুং ॥
শীঙেল লৈশক তোঙাল্লি, পলেম পম্লৌ অনিমক,
নুংশি থাংজীং লংলিনা, নুংদা থুপনা পুল্লিদো ॥
মীয়োক মীচান কজবী, শীজ শীথক চংখোনবী,
অপোক লিছুই নোংদগ্নী, অথাং-কনবী পলেম ও ॥
মীচং মীথাই মাইদবী, অচাম মীরাই থাইদবী,
অপোক অপোক খুদিংদা, নচা ওইনা পোকচগে ?

মালেম লৈকোই পুংসিদা য়েক্ল কয়া লৈরিবা
চাইনপুংবু থোল্লিবা, হুয়েল লাম্থোং ঙাকনবা ॥
পারি কয়া লৈরিবা. নমোম কয়া শাংলিবা,
ইমাই করি রাংকনি, পলেম নতিক ওইবনি ॥
হুয়েল লাম্থোং হকলবা, পাইমা লৌশিং চাওরবা,
হুয়েল লাম্থোং হৈরবা, রাখল থৌদা ফরবা ॥
ধর্ম চেনবা নপারি, পলেম নংবু ঙাকলিঙৈ,
লাকচ খুত্থুম চন্নবা, মালেম কৈদা লৈবগে॥

ইমাই করি রাংকনি, মালেম ফাওবী ইমানি,
য়োইময়াই তাওদলবনা, কোরৌ থক্তা ঙানবগুম, ॥
লৈবাক মপু ওইবনা, মালেল থক্তা ঙাল্লিঙৈ,
মতিক করি লৈবগে, শমু খাংদা লেপলবা ॥
কোরৌহন অঙানবনা অচৌ পিশক খাক্তনা,
অরৈ লৈত ,য়ংদনা অন্না অনা থিদনা ॥
মীচং মীখাই নাইদনা, মঙাল মশেক পিবগুম,
পারি পুকচেন চাওবনা রায়েলজৈবু পাইরিয়ে॥

কোরৌহনগী মঙান্না লাইজ'থক্তা য়ৈরগা
লাইজ ঈনিল কাবগুম পুকচেন ফাওবা মানা ॥
প্রজা থক্তা য়ৈরগা ঈথক ঈরাং হোৌরিবা,
পাংশোই নিকপা লৈতনা, মরূপ মপাং ওইরিদো ॥

লাইজ ঈনিল হৌরকপা কোয়ৌথক্তা কাগ্রগা,
লৈচিন নোংফাই ওইরুবা, কোরৌহনগী মগুন্দা ॥
অশা মৈচাক হাপ্পগুম, নচা ঐখোয় খিবিক্লা,
পুক্লিং ফমহোং তোইবদি, পলেম মৈশা লাংবমি ॥

লৈচিন মশক ওইরিবা, কোরৌথক্তা ফাইরিবা,
লৌনম তৌবা য়াব্রানা নাকোং রাপৈ ওইত্নুনা ॥
নাপা শীংজা য়ৈবদা হাইনা হুমনা থাংববু
ঐনা করম য়েংশিনগে-হা মালেম লাইবক চাওবী ॥
মৈশা হেনগৎ-লৈচিল্লা লাইজ তম্না গুন্দুনা
মালেম লৈদা তারকপা লাইজ ঈরেল তম্লকপা ॥
কোয়ৌ মৈশা লাংলম্বা মালেম য়াইবী অপুম্বা,
লাইজ খিক্লেন চাইত্নুনা, অশা মৈচাক কোক্লবি।

শ্রীএল, কালাচাঁদ সিংহ

---

শব্দার্থ অরুবা,—য়ুম্ফম অহুম=অধ্যাত্মিক, আদিভৌতিক (থরাইগী ওইবা য়ুম্ফম, পোৎকী ওইবা য়ুম্ফম)
ইমাই=ইমাগী, অথৌ লাঙ্গোলকলবী=অকন অথৌ ময়োক্লবী, অপোকপা লিহুই=অপোক অশি, য়োইমগ্লাই তাওদলবা—হুমিৎ, শমু—হকচাং, মাং।
বায়েলজে=সাশন দণ্ড, (লৈবাক ঙাকপা) পাংশোই নিকপা—মীচং মীথাই নাইবা। কিলা=লাংবল।

# থিজবা

পুন্য চেমবী তম্পাক্তা ব্রজ ধাম কৌনবী
শায়োমখিবা নত্তরা তাইবং জীবহৈদমক্তা।
তাকপীরম্মী অসুম্না লায়বক ফবশিংহুনা
কুচূ মাদা নহাক্কী অনৌবদি মোংগুম্মী ;
কোক্তা চূড়া খাংদা, সনা ফিগে —
থৃংভা বাঁশি শুম্মাংপমি অস্নুমনা ॥
পীনহৈবা নগুম্না নীভজম্নবু হেল্লবা
লেংশিনবিখি কারাগার তীর্থস্থান ওইহনবী;
পোকিপদগী হৌহুনা কায়না মৈশা লাংবীখি
মাতৃ প্রেমবু শাহুনা ব্রত লৌবা হৌবিখি;
খোংনা খোংআ লেংহুনা যমুনাগী রাংমদা
নংবু ফংগে নিংলবী যশোদাগী তম্পাক্তা
ভক্তশিংগীদমক্তা, অব্বা, কোঙ্গায় থাংবীখি
শনবী ওইবী বেদগী খুমাং হোৎনা অর্জুনা
খোম্লাং মমি চেনহনবে গোপ ওইবা নহাক্না
অমৃতগী ধারাদো, গীতা হায়না কৌরবী
ভক্তশিংগীদমক্তা সনা থৃৎনা শুম্বীখি।
তাকপীখিনে নহাক্না করিগীদি কিবগে !
লানবিগনি ঐহাক্না লংজখিবা পুম্বহু ॥
অকনবদি কয়াগা লানবা পারে মহেনবা

ভক্তশিংগী ভক্তিনা নংবু লায়না মঙম্মী॥
থব্লাই পোম্বী ওইরবী য়োংকী কোম্ফেন্নুংসিদা
কম্লক-মিহৌ-অপাম-য়েংথি-য়েক্লা থিবিক অসিনা
—সোম্বু শেনবগুম শেম্নে মিকুপ থুদিংমক ;
মম্লবদি লোকন্নুংসে তাইবং মালং পানবগী
মশেক মঙাল অমফাও ঊবা ফংদা মমথ্রে।
নংগী নগুণ শোম্লবা নংগী নগুণ তারবা
সনা নাক্তা পুবিগে তাকথিবনি নহাক্লা ;
থঙদা নাব্রা নদৌগুম খোনফম কায়বা শুরনা
নংগী নগুণ শকচরি থুলাম তোয়না কৌজরি,
অরেম্বনি অরেম্বা কাউওমদরে নহাকপু।
ইখৌ অসে থম্মোইগী ঊনিংবনা মুক্তিদো
তাবনস্থ পেন্দরে থিবনস্থ ওক্তরে।
মফমকৈদা থিরগা ফংগবনো নহাকপু,
স্বক্লবদি লোক্লুংদা ব্রাংলবদি চিংজাওথক
পাক্লে হায়বা ঈপাক্তা লৈবরনে নহাকপু।
থঙলে নংদি ইবুঙো ভক্তশিংগী থম্মোইদা
চরৈ থুপচানবগুম লোৎতুনদি লৈথ্ররোই॥!

শ্রীহিজম গুনো সিংহ
গোল্ড মেডালিষ্ট।

# তাইবং তেংথা

ওঃ চাকথেক্লে সংসারসে মৈরী ফংনা
মুথৎপা শুমলরোই সাগর, মহাসাগর কয়াগী ঈশিংনা
কেমপ্রগনি তাইবংপান তাঙ্গোই ওইনা
লৈহৌররোইনে করি'মত্তা অহাংবা নত্তনা।

মংখিদ্রে নোংস্নু কুমজ্জা কয়া লান্না
উখিদ্রে লৈচিনগী মপৈস্নু অহাংবা অতিয়াদা
শউম কন্না শিল্লক্লিবা মাইকৈ মরিদগী হুংশিৎনা
তিন্নখিহ্নুনা মৈরিগা, চাকথেক্লনি তাইবংপান।

অথাবা মীৎয়েং, অয়াকপা খোল্লাও, খৎনবা চৈনবা
পাঙ্গল থেক্লবা, লৌশিংগী চাংয়েং ফিদমগী মুক্লবা
জয় ধ্বনিগী পুংখোলদা, মাইথিবগী তেংথারোল
ওঃ কনানা তশেংনা মাই পাকপা কৌশিবা ?

তমথিবা শাজৎনা শিন থুংপ্রবা সংসারদা
খৎনরি লোইবা নাইদে কাংবু কাংবু হৌনহুনা
চৈনরি অমগা অমগা, ফুনরি মচি মচি থুদিংদা
হিংসাগী লানফরি, অধর্মগী জয়নি।

অকনবা থুন্নুগ্রংনা, অশোনবা থুন্নবু
তান্নরি খেল্লা-খেল্লা মচিঞ্জাকপু ওইনবা
তান্নছুনা হাংলি শাহিং-চাবা কৈজাওশিংনা
মথন্নাই কন্নবা চেঞ্জরিবা শজিগী মপৈশিংবু ।

ওংলি-নৈরি লন লৈবা, ইনাকখুনবশিং খুংকনবা
খোম্লি মিচং লাইরবা, অশোন অনাশিংবু নৈহৎনবা
নৈথেকপীবদা মকোক হাঁয়গৎচবা ঙমজত্রবা অতোম্বশিং
লেল্লি পুম্পি হুংঙাইবা মশক খংদনা ।

শান্তিগী মিংলেন্দা এতোম হায়দ্রোজেন
চাওখৎপগী খোংচত্তা রোকেট, স্পুটনিক, থা কাবা
কদাইদনো শান্তি, কদাইদগী চাওখৎপা —
পৃথিবীনা তুম্না মাংগ্রবদা ?

ইসঃ খাংবা ঙমত্রে, তাইবং তেংথারোল তারদা
কপ লাওবগী খোঞ্জেলতনা য়ৈশিনখ্রে নাকোংসে
চেথাইগদৌরে পৃথিবী, চংগ্রগনি লৈরোলহুংদা
চহি কুমজা কয়াগী লোংগ্রগনি সমুদ্রগী ঈরোলহুংদা।

মাংবা তাখ্রে পৃথিবী, কনবিনবা লৈরোইদরা ?
বুদ্ধ, চৈতন্য, যীষু, গান্ধী
শান্তিগী হিদাক, অহিংসাগী মন্ত্র
খুৎ থারবা অনাবদা করি তৌনরুগনি শান্তিগী সঞ্জীবনি ?

তাইবং হিদাক্না ময়াই চন্নবদা
চংজরি হে ঈশ্বর, নংগী চরন খাদা
নংতনা শেমজবা. নহাক্না লোইশিনবা তাইবংদা
নংতনা ওমগনি মুথংপা, মুংওমদ্রবা লম্মৈসে।

শ্রীতখেল্লম্বম গুনধ্বজ সিংহ
এমঃ এঃ

---

# শীঙেল লৈহুল তমজবা

তাশিলাও :—

কনাগী খোঞ্জেল্লো তাখিশি।

লেপ্লাইদবা মতম তম্পাক্তা শল্লাং চোইনা ফাহুনা
খংবিবা কনা য়াওদনা কুইনা তুমখুল তানবনা
হীক্না হীক্না তেংথাখিবা পলেম চেংলৌ উদবনা

"কদাইদা লৈখ্রে ইমা!
কেতকীগুম্না লৈনম চাওরবী।"

তাও তত্তনা তারিবসে নৌনা হৌজিক্তা তেংথাবগুম্না।

অত্থৈ :—

পলেম তুমিন খাঙ্গমদ্রে।

মখোয়' ত্তেংখাখোল আবদা পলেম খোম্নাং নংথৈ

ইমা লৈরি মত্তাগুম পলেম্না খোম্নাং ইম্নকটৈ

মপোক কয়া শিংঙমদ্রবা পলেম লমন নিংশিংখৈ

"পুক্লিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্তুনা.........

কৎলুসিনে ইমাগী খুয়াদা।"

থম্মোই শোক্লবা মপাও তারগা নিংশিংলুসি লাও কনাগী খোঞ্জেন্নো॥

য়েংঙোলাও :—

মমা নিংবা মচাশা !

মখোই মপাও নিংশিংলগা শরিবসে পারি মমোম কয়ানা

"কংগ্রগা চোংলকপা অমুক হন্না" অত্থগুম্বা মাগী লৈরাং চারনা

মন্দির য়ুম্বী য়ুংলগা মাগী মন্ত্র অথোইবা

"লিংজেন মান্নবগী লংনা লেংহনা" শোক্লগা

শাগৎলিবা পল্লেমগী মন্দির ফজনা

কোরৌ নোংদোন হাংলগা য়েংলকউ-য়াইফ শরীক থিংলকে॥

ইশি লাও :—

খোর্জৈ মত্তুং ইন্নুস্নি।

পলেম চেংলৌ উদবনা থম্মোই শোক্না ত্তেংথাখৈ

পারি নংবু কপকনু নমা লৈরিবু হাইরকখৈ

কুইনা কাইনরুরবী পল্লেমবু অমুক উররোই মত্তাগুম

কোর্ব্বাক মাংদ থা
খোর্জে খুত্তা পাই
পলেমগী মিংথৈ খোৎচিলহৌ
মাগী মপাও নিংশিংলগা পলেম মিংথৈ খোৎশি লাও॥
মমা নিংবা মচা কয়ানি
অঙাহল চাউবা কমল কুঞ্জদা মহৌ মকা লামলিবা
ফুগাইরবা লৈরাং হেক্ত্না খুজোক খুজোক পাইরগা
পলেমগী মিংথৈ শক ইমাগী খুয়া থম্বালদা
নখোই থম্মোই পেন্নবা
লৈরাং লৈহুন তমলিবা
পলেম্না মোমোন নোকপসে আত্মা শান্তি ওইনৌকো
য়েংউদো ঃ—
পলেমগী শক্তম ফজবা
"মাধবী" লামাই ফাল্লগা পারি কমল কৌরিদো
"থাইনগী লৈরাং" চিল্লগা চাউবা কৈদনো য়েংলিদো
"শিঙেল ইন্দু" নাচোম থেৎলগা হিজম অঙাহল থিরিদো
অমুক্তদি য়েংঙো লাও
পলেম চেংলৌ নিংথিবসে
পলেম খুয়া থম্বালদা শীঙেল লৈহল তমসি লাও।

**শ্রীথুমম্বেম ইবোহল সিংহ**
সেক্রেটরী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল।

---

# ইপাম্বা শিঙেল

ইপাল তাংনা শাৎলিবী শিঙেল,
মালংনা নকাদা শৈহুম তম্নগা
করিগী কপ্লি কেল্লনি হায়না,
অরা' মিনোক তমত্নুনা মায়থোংদা।

কোরৌ মঙাম্না চাইরিঙৈ মালেমদা
মুংশিবা মীনোক তমত্নুনা শাৎলু,
মালংনা কৈদৌরোই মিপাইমু শিঙেল,
হরাও খোংদোই হুন্দুনা শাৎচৌ।

লাইজনা মপান ফরিঙৈ নংগীদমক
কুমগী নোংহৌনা ফুয়না তম্লিঙৈ
কেল্লোই শিঙেল তমখিমু মীকপ,
উৎলু নওংমু মুংঙাইবা ফৌরোইদা।

লেপ্তুবা পুম্সি ঈচেলনা কংথ্রগা,
ত্তিনথ্রগা মঙালসু অমম্বা অম্লহিংদা
লোইখিনি শিঙেল মালং শহুম,
ফংলোইকো লাইজ থক্রা তথকচবা।

কোরৌ মমি. শামদরি শিঙেল,
লাইজ ঈকং তম্নদরি কাউগমু,
করিগী' লৈমুংশি মুংবং চনরগে
পোলোইনি থন্দুনা লাইজ ঈরোমুংদা।

শিঙেলনা কপ্পা নত্তৌ উরগা
অৱা মৈশা লাংবা য়েংলগা,
কাউখরে তাইবংগী মঙলান কুম্মৈ,
কূপখরে অপাইবা লৈচিন্না ৱাখন্দা।

কাউজ্জন থীবা মপোক্কি খংউকো,
নোকপনা শৈহৌবা কপ্পনা শৈশিনবা,
নঙস্থু শকহেনবী নংগীনি চৈনাহু
লূপ্তুনা মতমগী মমলবা সমক্রুদা॥

থুপ্লবা কুঞ্জদা লুরবা ঈয়ায়দা,
হৌরক্লিবা পুক্লিংদা ৱাশক্কী ঈথক,
অৱা-হুঙাই অনিনা পম্থুংফম্থু তাল্লিবা,
ঙম্মোইকো নাম্থোকপা মীকুপ 'মতং লীচিংহুদৈ।

পুখিহু শিঙেল অৱা মাইথোংদো,
শাংখো 'পুংফানা ঙাহইাক্কী পুম্লিদা,
হুম্বনি মালংনা হুঙাইবা তাম্থাদা,
ইপান্থানা লাকপদা কুমগী খোঙচৎতা

শ্রীবেনুধর সিংহ।
বিঃ এঃ

# বসন্ত উবদা

নোকচবা ঙমদরে নহাকপু উরগা
পিরাংত-শিম্থরে মিৎলুদা—
শকচগে নিংলম্বা হুংশিবা শৈরোল
তেংথা নাওইবা ওনখরে—!!

কায়নবা লাকপনি তিম্নবা শাহ্নুনা
খাইনা নৈচাকপু লোত্তুনা
নামিবা মালংনা মন্ত্রবু শোল্লবা
লৈনম্বু চাইহ্নুনা শুম্ফাৎপা !!

ফংলরোই খঙইনে পামজবা নত্তনা
নহাকপু ঐহাক্কী ওইজবা
তুমিন তুমিন্না তাণ্ডবতনিনে
থম্মোইনা বসন্ত ! বসন্ত !!

ঙসিদি নৌহৌনা ব্রাখলগী লৈরাংনা
লৈতেংলে পুক্রিংগী লৈকোলসে।
হাংদোকপা ঙমদনা পিরাংনা চোৎলবা—
থারবা থম্মোইগী মায়থুমসে—!!

ফজ-হুংঙাইবা হুংশি-হুংওনবা
অহৌ' অরোই' তিনফম—
স্বর্গগী বসন্ত মর্ত্তগী বসন্ত
বসন্ত বসন্ত হৌরকফম

মেঙনা-মিনা মালংবনা
রাগগী শৈনিল লাংজফম
লৈরিবরনে শান্তি লমদম
থম্মোইগা থম্মোইগা তিরফম ?
কবি কয়ানা কাব্য কন্নাদা
কবিতা কোকিলমা কৌরিবা !
মঙদা তাইবংদা মাতুনা থিরিবা
কদায় চীর-বসন্ত ?"

শ্রীএল, নদীয়া সিংহ

---

# কৈদনো

তত্তুনা চেল্লিবা
তুরেলগী ঈচেলগুম
অরেপ্পা লৈত্রবা
তাইবং খোংচৎতা
তাউথরি ঐহাক্কী
পুন্সিগী হিরেল।
ঈরৈসে কল্লে
হিনাম্নে ভাওরে
লৈরাইদা থেংলনি
হিবানসে কায়রনি

কনানা শাবিনি
পুন্সিগী হিনাও।
ঐগীনি হায়বনা
হিপোং থল্লবা
ঐতনা তোংবদা
হিরাক্লবা
করম্না য়োগনি
ঐহাক্কী পম্বুং।
চাউরবা ঈথকসে
ঈমাংদা লৈরে
শোয়দনা থেংলনি
হিরেলসে লাক্লনি
লুপ্লনি ওসিদি
ঐহাক্কী 'পুম্বা
অপিকপা ঈচেলনা
ঈপাক তম্বনি
অতাউবা কোঙ্গোলনা
ঈমায়দা তাকপনি
ঐগীনি হায়বনা
কৈদনো তিল্লুকম ?

শ্রীপ্রকাশ সিংহ বীঃ এঃ

# থক্লখো খোম্লাং

পাওনম চেক্লাদি অচৌবা,
কোরৌ থক্কী অঙানবা,
চরৈ ফিজেৎনা নাওগোনবা,
নমথাং থুংদনা নাওয়োকপা !

মৈতৈ লৈমগী পারিহন,
পলেম মাগী কোরৌহন
তুরেন ঈচেন তৌরৈহন,
মেঞ্জর ফমদি অথৌবা !

ভারত ঈশিং থক্লুবা,
খাগী কবো কোইরুবা,
মিৎলু পিরাং শিন্থখিবা,
পলেম তোয়না মিঙ্গৌখিবা !

লৈপাক মীয়ামগী মনাইও,
নোংশাগী মতিক চেনবও,
কল্লক খুভম ধাবও,
অন্নাবা মাইথুম কিদও !

অয়ুক কোরৌ তাক্লম্বা,
হুমিদাং' থাজ উৎলম্বা,
অমম্বা শরুক তাক্লম্বা,
তাইবং মৈরা পিরম্বা !

মরৈবাক নিংবা অথৌবা
জাতিগী মৈতাল অন্নাবা
লাইন্ন অনং খাইদবা,
অচৌ অপিক নাইদবা !

কৈশুম চিঞাক চাহ্নুনা
অঙম্বা মপু কিদনা
অরানবা থৌরম খাঙহ্নুনা
পলেম য়াথং কাইদনা!

বৃটিশ মায়োক য়াখিবা
অচৌবা তেঙ্গোল থুগাইখিবা
য়েরুবা তুম্না হাৎখিবা
মীয়াম 'লক্তগী অথৌবা !

তাইবং শিম্বা খংহ্নুনা,
পলেম' মিথ্নে শোন্দুনা,
পম্বৌ' থৌনা লোহ্নুনা,
মপুগী কোলোই শোন্দুনা !

চীংশাং নাপোম শুপলৈদা,
খেমা চীংগী চীংমাইদা,
জাতি' ফিরাল য়ুংলম্বা,
মীংচৎ উরোং থিল্লম্বা !

লৈজবা শৌনা উৎতুনা,
মীগী শাইদাং য়েংদনা,
নোংদোন থক্তা চোংহনা,
বোমগী মৈনা কক্তুনা,

হয়োগী মপোক য়েংথিবা
অয়োইবা য়াইফল তাম্থিবা
চীংবুরোই তম্বুরোই ময়ম্তা
মপুগী লৈশোম লৈকোন্দা

অকনবা পোকপীনি তাক্লম্বা,
লৌশিং চাওবীনি উৎলম্বা,

তাইবং খুৎশেম হৈকোন্দা
তাইবং নোংদোন ফৈরাথক্তা
লৈপাল কাইদনা শাৎলখো

মাহোম ফাওনা শন্নবা !

নখোঁ পোংনা খোংলখো

খোংজোম তুরেলগী নাকোইদা.
জাত্তি য়েন্নিং হুমকমদা,

ননিং তম্না ঙংলখো,
পলেম খোম্লাং থক্লখো।

শ্রীখোঙ্গম সেন সিংহ
ইং ওং.

---

## কাউত্তমদেদা ঐনা

পম্মো ! অনৌবা ভারত জাতি'পুম্বগী ঈশা !.
মফম কৈদা লেঙপ্রবগে নহাকপো,
পঙলবা নপারী-নমোম, ঐখোয়বু থাদোক্তুনা
অমুক্তা লেংলকপ্রোবা নচাশিংগী 'নাক্তা।।

পঙলবা নচানা পম্বোগী মিংলেন খঙ্গে
'বাপুজী মহাত্মা গান্ধীজী' হায়না,
ব্বারৌবিগম্বুকো খৌগল্লোন খঙদে হায়না
পেঙ্গে তৌজবনি চাক্লবা নচাই থব্বাই।

পঙলবা লিংজেল তিন্নরমদ্রবা নচাশিংবু,
অপূনবা শক্তিগী পাউতাক পীনবীহ্বনা,
লৌচিং অমত্তা ওইনা লমজিংবীরম্নবা,
অহিংসাগী পামেল থাবিরম্নবা পম্বো।

ঙাল্লি ঙসিদি নহাক্না থানবীরম্বা লৌশিং-থাউমৈ,
শোম্নরি জগৎনা "ভারত রাষ্ট্রীয় পিতাজী' হায়না,
অত্থবু কদাই, উম্রেদো নীংথিবা চেংলৌদি,
ঙসি ভারতকী নীংতম্বা হুমিৎ অসিদা।

ঙসি ভারতকী নীংতম্বা জাতিগী ফিরাম্না,
পাইরি ভারতকী কাচিন-কোয়া খুদিংদা,
খোয়রুম মোমোন তৌজরি ভারত বাসীশিংনা,
য়েংথবিরকউকো নচাশিংগী ইতৌ কোরৌ 'থক্তগী।

'জয় ওইরে, ভারতকী জয় হায়বা ধ্বনিনা,
কোরৌথক য়ৌখিসম্ব্ মালং পাউজেল ওইনা,
পেনবীয়ুকো য়ান্না'সি তারগা নচাশিংগী,
পেঙ্গে নচাস্থ ব্বাখলম্থ খম্লগা ইপাগী।

তোল্লবা মতুশোল্লবা পৃথিবীগী জাতি খুদিংনা,
থিনরক্লি নহাক্কী অহিংসা নীতিবু ব্বানা.

করি করম কদাইদা মহাত্মা গান্ধীজীগী অহিংসা নীতি হায়না,
থুংলাই পান্দল ওইজগে শক্তহুনা মথোয়গী।

মুঙাইবা মুমিংনি ঙসি আগষ্ট তাং ১৫'সি,
শান্নজরি ঐখোযনা মুংঙাইবা ঈফুং-ঈরোনমুংদা
লিংজেল মান্নবা রাখনগী রাক-হিদা তোংহুনা,
অতুবু, 'কাউঙমদেদা ঐনা' ইপাগী মিংথৈদো।

শ্রীএস, লালবাপু সিংহ

---

# মৈতৈ কোকিল

( কনাগুম্বা কবি অমদা )

হে মৈতৈ লৈবাক্কী কোকিল॥
মতম কুইনা তাখিদ্রে নঙগী খোঞ্জেল,
পাইখ্রগে মীংলবরা শাউহুনা,
নপিজা কোকিল লৈত্তে উহুনা।

লোংপা য়াররোইনে থৌজিক্তি,
লোংমা তাহৌরে নঙগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংথি নথৌ পোংলা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা তোংহনা।

নঙগী মিরবা খোঞ্জেল্দু তাগদবগী,
নাকোং থাক্সংলে মৈতৈ কয়াগী ;
পাইরক্নো মৈতৈগী লৈকোল্দা অমুকহন্না,
খোংলরো নখৌ পোংনা হায়গুম ।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাক্লনিংবনা খোয়াংনা গাইজরিবা ;
পঞ্চম স্বরনা খোংহুনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা ।

কাইদোংক্ষম উশা থাদোক্তুনা,
চাক্তানক্ষম লম্বাং হুন্দোক্তুনা,
করিগীনো য়োংকী শারুং পাম্লিবা ?
ওমলোইকো হয়েং তুংদা পাইথোকপা ।

কোকিল অমা খোংখি কুইপ্রবদা,
উজ্জয়িনীগী উনাপুংবা উমংদা ;
ইংহন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল,
শুদ্ধংখি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোঞ্জেলনা ।

তামনা অমসু খোংখি থাইনবৈদা,
নোংচুপকী সমুদ্রবাংমগী চীংথুংদা ;
চীংথুং কয়া সমুদ্র কয়া লাম্থোক্তুনা,
ইনিল নিলহনখি নোংপোক্কী তোর্বান ।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী
চেক্লা চামা চামনা তোংহনা,
খোংলি পুক্লিং হুবা খোঞ্জেন্না,
পুক্লিং ইংহল্লি মী লিশিং লিশিংগী।

মৈতৈগী লৈকোলসে অসুক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোঞ্জেলতগা,
নিংথিজগবনো কয়াগী মতিক।
ইমিত্তা উরখিদ্রা দৃশ্যহু অমুক।

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
কেনখ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা,
তোমাল মশা কংশিল্লক্লে অরেম্বদা,
ময়াং কাকনা চাখ্রে উহৈ অরেম্বদা।

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌ ময়োল,
খোম্থাং হেনগদবনি চুপলবদি কোকিন্না,
'থাঙ্গদা' 'থাঙ্গদা' খোংলে কাকনা চুপতুনা ;
তাহৈদ্রে খোংবসে 'পহাড়ী' 'পহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিমথে,
কোকিলগী মশক উদ্রিমথে,
মেনশিল্লগে নাকোংসে লৈখোম্না
তুশিল্লগে মিংসি য়েত্তুমনা।

কোকিলনা উহৈ উমলগা খোবোম থন্না,
খোংলকই কুহু' কুহু' পুক্নিং হুনা ;
কাকনা মপুক থন্নগা অমুনবা উহৈনা,
ছন্দোক্রমই অমাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা।

খোংলরো কোকিল নিলহন্দুনা চীংসুংসি,
শেমলরো নিকুঞ্জবন তস্পাকসি।
হেলহল্লো ঈচেল কংগ্রবী চন্দ্রনদীবু
কৌশিল্লো উমংসিদা বীণাপানিবু।

তাগদবগী নঙগী মুংশিবা খোঞ্জেল,
পোথারি লম্মথাংদা নম্মুল তুরেল ;
ঙাইহরি চন্দ্রনদী লেপতুনা ঈচেল.
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা।

অপিকপা তুরেল অপিকপা পাৎকী ঈশিংনা
নঙগী খোৈরাংবা কোকলোই খন্দুনা,
কাইদোংক্ষম ব্রাংদে পুকচেল নেমই নিংহুনা,
পাইরক্তু বরনে কোকিল হৌজিক ফাওবা।

অমদি চীংনা কোঈশিনবা লৈবাকনি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তুংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ঙমলোই অমুকহন্না,
পাইরক্তু বরনে কোকিল ব্রাথলসি তৌহনা ?

কিগনু কিগনু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—জ্ঞানবগি প্রকৃতিনা পীবা,
শক্তিগি মৈত্তে লৈকোল অসিগী,
কোঙ্গীশিল্পিবসে চাংলোন মাপম্না।

হে অচিকপা পাম্বা কোকিল!
নিলখোংকো তাহ্না মৈত্তে লৈকোল্দা,
পাইরক্ত বরনে হৌজিক কাওবা?
অমুক্তদি খোংলাকো নখৌ পোংনা।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মত্তমদে,
নওগী চিরসহচরনি হাঙ্গৈনা তাই;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরক্লে মৈত্তে কোকিল।
পাইরকপা মত্তম ওইরক্লে কোকিল।

( লৈ পরেং )

৺লমাবম কমলসিংহ, কবি।

---

## লমন

সুংজিবদগী সুংজিবা,
পাম্মুবদগী পাম্মুবা,
ইমা! ইমা! ইমাতনি।
ঐখোই নুংশা তৌনবমানি,

ইমা ইপা অনিতনি,
মহোয় লমন ভোল্লবনি।
অহৈ অশিংগী মন্নাদি
য়োকচবীনি অতৈ'সিদি
ঈগী মরীবু ইমানি।
ঈগী হৌফম ঈরৈবাক্লি,
অতৈ ইমা অরায়বনি,
পোক্লফম লমদম ইমানি॥
মীওইবগী মপোক্তা,
শোন্নরি বাহৈ থুদিংদা,
খোমলাং লমন শিঙ্গমদে,
অচুম্বা মকস্থ নিংনদে,
মমা মশক খঙনদে,
ইমাবু ইমা কৌন্নদে॥
মমা সেবা তৌদববু,
শাগী শীংদা থানৈ মাবু,
মিংদা 'সিদা করম্না কোকস্নিগে?
করি উপায় তৌহ্ননা
থুকম করিদা লেপত্তুনা
ইমাগী অবাবা কোকস্নিগে॥
ইচন-ইচেম লখা'মন্না
নোংম্ন-মুংশাবু খাক্তনা

চেংবোল কোক্তগী থাড্রিবা।
খাংজেৎ মচি লাংহ্নুনা,
ইকাই ইকি হুপ্লোক্ত্‌না,
থল্লু কনাগীদমক চেল্লিবা॥
ইপা ইতোন কয়ানা,
লাঙ্গোল খুত্তা পায়হনা,
কাওরেন তুংবু ইল্লিবা।
কফুত তিংগোই ফাক্ত্‌না,
তুমিৎ কাঙ হয়িং থাংহনা
য়েংউ কনাগীদমক নোম্লিবা॥
ইয়াম্বা ইনাও কয়ানা,
লোইবী চিঙথাং লান্দুনা,
য়েংউ মমিৎতা মপী তাথ্রিবা॥
তেখাও ময়াং তাহনা,
উখোং ব্রাখোং হিপতুনা,
হায়য়ু কনাগীদমক চৎলিবা॥
থল্লু ইফী ইখাংদা শেৎলিবা,
ইশাদা পক্লিবা অপুম্বা
নিপা কনাগী হুমাংমল্লো॥
ইরৈখৎপা থোকচরিবা,
অহৈ-অশিং শাজরিবা,
নিপা কনাগী মপাম্নো।

ইহৈ ইশিংন্নু তম্বল্লে,
মী মরকস্নু ভিলহল্লে,
অচুম্বা অসি থনসিল্লা।
আইন কান্নুন থঙদবনি,
লৌইবা জীব অপঙবনি,
সিতবু নৈ'না চাসিল্লা॥
য়েংউ পম্মৌনা খোংদাই শেংলিবা,
ইমানা পোমক্ত্রি থাংলিবা
মখোইগী চরৈ হোংসিল্লা।
ফৈজোম গুঞ্জা তাখৎসি,
লাঙ্গৈর-পামবী ফুক্তোকসি,
লাও হুমাংমন লমন শিংলসি॥

হিজম ৺অঙাংহল সিংহ।
কবি

---

## ইরৈপাক

ইরৈপাক ইরৈপাক উজক্ত্রি নঙগুম্বা
নঙগুম্না মুংশিবা পুক্রিংগী পেম্বা॥
নোংপোক্কী কোরৌ খোঙথাকুম অরতকী শমজী লংদাইকুম

প্রকৃতি ইমাগী হুংঙাইবা শান্নকম,
চাক্লবা থম্মোইগী অন্নাবা কোক্লকম্ ॥

কুঙনা পানবা মহৈ মরোং চুন্না শাৎপা ফৌগী চরোং
মিৎয়েংগী লম্বীদা অইংবা পিনবী।
নচাগী ন্নাত্তনা চেংজেন্দি হুল্লিবী ॥

কুঞ্জ কুঞ্জ থুদিংমক চিংয়া তময়া পুন্নমক্তা
পোম্বীনা চেক্লানা নগুণদো শকচরি।
শান্তিগী অচিকপা ঈরাদি শিন্থরি ॥

পুকচেন তপ্লবী নঙগুম্বী নপারী লুন তৌজবী
শামান্নবী নতারোই কনাদি লৈবগে।
নঙগুম্বী ইমাবু কাদায়দা লৈবগে ॥

অকনবা ময়াম পোকচবী অথৌবা ময়াম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপারী ॥
ভারতকী পুয়াদা মমিংদো শোন্নরি ॥

চিংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লুহেনবা
সনাগী মুরতি জয়সিং নিংথৌরেল।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজংবা থৌবুরেন ॥

বৃটিশ লমথাই পম্থেংদা নিপা থোক্লবা লাম্থোংদা
মিংচৎকী শিদউ থারম্বা নোংশা'নি !
গম্ভীর নরসিং লাইপোক্কী নচা'নি !

লৈবাক্কী ন্নায়েল লাংলোন্দা য়েক্লবা-য়ৈথাই লাম্লোংদা

প্রজাগী পেন্নবা থৌরমদা লাইরোইবা।
ঈশ্বর কোলোয়না কোয়োগুম ঙানখিবা॥

মিংবু কানগে চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌশিং কোকথক কীরিত্তি
বৃটিশ সম্মানবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অয়াংগী থয়ানগুম মাঙদনা ঙাল্লিদো॥

অসুম্বা নচা পোক্তুনা নমান্ন' মাংজিন থাহনা
অয়ুক্কা শক্তিকুম মোমোন্দি নাক্লম্বী।
শকলেনগী মিরেম্না 'ভিয়াদা তারম্বী॥

কত্তবা মীচা কনানা কল্লকপা মৈনা চুহনা
তাথিব্রা হায়হনা ইমাবু চেম্বরে।
ইমাগী ফিনাদা অমোৎপা তৈররে।

নৌনা হৌরকপা নচাশিং ইমাগী থৌদাং কাউবশিং
অসুম্বা ইমাগী নিংথিবা লৈরিবা।
কোকহনগে নিঙদবা কয়াদা পঙলিবা॥

নপারী নোংশা খিবিক্তি চঙখরে কালগী থায়াত্তা
মন্ত্রগীদমক্তা তেংথারি ইমানা।
থন্দরে মাহবু লৈহৌবা নচানা॥

মৈতৈ মিংলেন্দি কৌরগা মাতৃ থৌদাংদি কাউরগা
নাপনগী ঈঙাংনা ফিজোন্দা তৈরিবা।
নরক্কী লৈখোম্না লাইবক্তা থিল্লিবা॥

পঙলবা নচা মন্নামসে লৌশিং শোইনাইবা পুম্বসে

লাকখিদি অমুক্তং ইরাগী তম্পাক্তদা।
তৌথিনি থোদাংদো ইমানীবমক্তা॥
ঈশ্বর, পোকপী পলেমও নরসিং য়োকপী দেবীও
সিক্তনী ঈরাদো অমুক্কং তৈথোকখো।
থাজনবী মীজোক্কো অমুক্ত শোকপিখো॥

৺দরেন্দ্রজিৎ সিংহ
বী: এ: .কবি

---

# খোংজোম তীর্থ

মাঙদা উরিবা তুরেলসে,
তপ্না চেল্লিবা ঈচেলসে,
অম্বাবা শক্কোল পুরিবী,
কায়না মৈশাক শক্লিবী,
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

মৈতৈ জাতিগী লাঙ্গাওদা,
নীংতম লানকম ময়াইদা,
মৈতৈ লাম্নী অকনবা,
মাগী মপাম্দা লেপখিবদ,
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

অমুবা চৈরে অরংবা থাংশাং
অমংবা নোংগী মরক্তা,
অরংবা নোংথাং কুপকুম্বা
মাগী তোর্ব্বান্দা লেপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।
বোম তোপকী মমাংদা,
মাইবু লৈবা হৈতবা,
মৈতৈ লান্মী অথৌবা,
মাগী মপান্দা লেপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।
মেজর পাওনা অথৌবা,
চিংলেন সনা য়েঙ্খোইবা,
য়েক্লা তুম্না হাৎলম্বা,
মাগী মথাদা তুখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।
মাগী তম্পাক্তা য়াতাখিবা,
জাতিগী লান্মী অকনবা,
পলেম শক্লা খোমইনবী
থম্মোইদা চেৎনা কোনখিবী,
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।
স্বাধীন লৈরাং কেল্লমদাই,
পলেম চৈরে হোংলমদাই,

মৈতৈ লাম্মীগী ঈতনা,
ঈথক ঈপোম হৌখিবী।
মৈতৈ খোংজোম তীর্থনি।

শেংলবা মাগী ঈচেন্দা,
অরংবা ঈথক ঈপোমদা,
মৈতৈ পুম্বা লুপখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি

তর্পণগী হৈরাং লৈরাংনা,
ঈমাই থুংনা তাউখিবা,
মিৎলু নাপগী পিরাংনা,
পবিত্র ধারাদা তিনখিবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি

অহিং নোংয়াই অথেংবা,
মীচিক নাচিখোল তাক্রবা,
নিত্তি হুমিৎ থুদিংগী
মপারী কৌহ্না তেংথাবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি

মাগী মগুণ অশেংবা,
মালেম শীনবা থুংলবা,
মীপুম থুদিং শোন্নবা,
য়ুমথোং থুদিং শরুবা,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি

মগুনবা চরৈ শেত্তুনা,
আইথোং খম্বাল লাংশিন্না,
মাদি গুসি তেংথান্নি,
অন্না মৈচাক কোত্তন্নি,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।
ভাগীরথী গঙ্গাগুম শেংলবী,
কালিন্দী যমুনাগুম পুক্তপ্পী,
ত্রিবেনীগুম মমিং চংলবী,
তীর্থ পুম্বদই অথোইবী,
মৈতৈগী খোংজোম তীর্থনি।

নীলবীর শর্ম্মা শাস্ত্রী
রাঃ ভাঃ রত্ন

---

## অপাম্বা

কুইর কুইর নৌজবী
য়েংনা য়েংনা নীংথিবী
তাম্ন তাম্ন ফংদবী
উনা উনা লাপথিবী
তাইবঙ খোম্না ঙাওহনবী

থম্মোই ফিদুপ য়াতাবী
মীরোন তাঙৈ লোয়নবী
নশক্তুদি ফোঙ্দবী !
মঙ্দ মঙ্লোন মঙ্বগুম
মঙম শান্দ লমজেনগুম
অন্না অনা খঙ্দনা
ইশাবু ইশানা কাওনবা
নঙ্বু ফংগে হোৎনবা
নকা য়োগে লাক্লবা
থব্লায়না লব্লাই শাৎখিবা
থম্মোই মিহুল নীকখিবা
ফংনা ফংনা ফংদবী !
শোক্লা শোক্লা তামখিবী !
ফংগনি হায়নস্ত নিঙ্দবী !
তাম্লোই তোক্কে ঙমদবী—
থব্লায় পানবনা মিতাবী
হে মিন্থুংশি খঙ্দবী

থম্মোয় পান্দবী শকহেনবী
লমথুং নাইদ খোঙ্য়ানবী
অমুক কপ অমুক নোক
খোইরাঙ্বনা লকা-থন
মুংনাঙবনা হুংদ চাক

শম্মু-পাঙ্গল ময়েং ত্তা
ব্রাজবা ঐগী ইত্তৌদা
হন্না ফাওবা য়েংদবী
নাচুংদনা লাপথিবী !
অত্থন্নদি ওইরগা—
নচু নমেল লিশীংনা
নীংথিবা নশক লৌত্থনা
নোংথাঙ লৈমা মত্তৌগুম
হুংপান 'পূম্বা থকহনবী
মিংকৃপ নাহুম থুদীংগী
শক্লোন পুবী য়াইফবী
মকপ-মঙলান অনিদা
নঙ-তনা লাঙ্গোয় চনবদি
করি হুংগী উরুবা
করম্বা লাই' নোংদম্না
নশক নওঙ থঙলূবা
থঙলে অরেম্বনি
ইথন্তস্থ নত্তে—
শকহেনবী নঙবু উরগা
তাইবঙ থম্মোই 'পূম্বনা
যুগ কোঙ্গায় থাক্তনা
মপোক কয়া লা'ম্না

চঙবা শিরা থোশাদা
নঙবুভবু খিনরি
লোইবা নাইদ চেন্নরি
লেপ্ল নৈভে খোঙশাল্লি।
ফংলোই ফংলোই—
কনানস্ য়োঙমলোই
মঙগী ননাক নকঙমলোই
খোঙচৎ লেপ্তবী নহাক্লি।
অদুবু—
মারে তোকে তোকঙমদে
ফংদে লেপকে লেপঙমদে
অহোয়নতুম হেল্লকই
থম্মোই লাক্লোয় চল্লকই
মাংলেন মিৎন কুপ্পসু
নীংথিবী মশক কাউঙমদে।
নৈতনা নৈবী নীংথিবী
শক্লাইদবী শকহেনবী
মাজবনা সুংঙাইবা
থঙ্গবনা পেঙ্গবা
করি পোথজ্বা ফংঙবদে
নকাদত্তা মপোকই।
অদুবু—

তাইবঙ লোনচৎ তায়োনুবী।
ওন্ন-তৈন শাজৎপী
অঙকপা নঙগী নতৌনি
খঙঙমদবী নওঙনি।
অশেংবা নশক খঙলগা
অশিংবা মীওই কয়াদি
নঙবুতবু কিনরি
নকাদগী লাপ্নরি
নশক উগনি খন্দ্রনা
তাইবঙ মিৎয়েং হুনরি
মীরমলেন্দগী চত্তুনা
লোইবী-লোক্লুং থুপ্পরি
মহু পুবা লিনথাক্কুম
নঙবু থাপ্পা হুন্দোক্লি
খঙলে, উরে, নীংথিবী
শকহেনবীনা লিন্দাউবী
নঙনা নাপল তৌবদি
পাঙদবা ঐগী কাদনি—
অশোনবা থম্মোই থিত্রনা
লাকহৎপতনা নতৌনি
মীরক্তগী থোইরবা
মুনি ঋষিতনদি

নতিক নয়াই অপূম্বা
করি নৈত মতৌগুম
মখোঙ থুয়া থানরি
নকোক কাঙবা ঙমদরি

শ্রীসুবচাঁদ শর্ম্মা

---

## মৈরা পরেং

নীংজবম্বা মতম কুইনা লংলবা মৈবাসে
চম্লসি থাল্লসি লেংলসি ঙসিদি
লায়রবী ইমা মম্লবা খাংপোকসে
ভাল্লনি ঙসিদি
শেমজহ্না শোমজহ্না খিক্কুনা চাইহ্না
হৌরক্লে চাউরক্লে লৈরাং শাংলক্লে
থারসি লিংলসি শল্লসি থোরক্লে ইমাসু
হরাওজরে ঙসিদি।
শকপিরো নঙ্গী শৈশক থেকপিরো নঙগী শাথেক
নোকপিরো নঙগী মীনোক য়েংবিরো নঙগী মীৎয়েং
নঙগী লৈবা উৎপিরো তমজগে ইমাগী
লৈজবদো ঙসিদি।

নচাশিংগী তিন্নরবা সুংশিন্নবা খোংলেম্না
তিনসমু ভারতকী নিল্লবা মালংদা
হেনসমু খোম্বাংদা থুকসমু যাত্রী
লাকসমু ঙসি

শ্রীলাইশ্রম সমেরেন্দ্র সিংহ বিঃ এঃ বিঃ টিঃ

---

## "পাওমেল"

নিংশি শোনসি কাওহুসি
কলক মিহৌ থাদোকসি ॥
তাংল মীওই মপোকসি।
সাধু সঙ্গ তৌরসি ॥
পুক্নিং লৌচিং মাননসি।
মাবু ঐখোয়না কাওহুসি ॥
শোল্লি অচৎ-চত্তা খিবিক্না।
শক্তি বেদ-পুরান স্মৃতিন্না ॥
পলেমমী গর্ভদা লৈরিঙৈ
তাইবং মশক থংত্রিঙৈ ॥
নংতবু ঙাকপি শেনবীরে।
কর্ম্মযোগকী পান্না অত্মীরে ॥

থাবিরক্লে সংসার অসিদা।
খংহনবীরে অরা-সুংঙাই কয়া॥
কর্ম্মযোগ থৌদাং পাংথোকউ। ·
লেংদবা উরোং খিল্লমউ॥
লম্ফাংনরবা সংসার অসিদা।
তাইবং মপুবু কাওহুসি॥
নিংশি শোনসি কাওহুসি॥

শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ সাহিত্য শিরোমনি
পারঙ্গত শিক্ষন কলা প্রবীন

---

# মৈতৈ কবি

নারক্তা শাৎপা লৈরাংনা
নম্বীনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম;
ঈয়াইদা লোৎপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা অরেম্বদা ঙানবগুম,
চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনঙাকপা
· মণিপুর ম্নালৈবাক্লা,

অরেম্বদা ঙাল্লম্মি
অরেম্বদা শাৎলম্মি
খঙবিনবা লৈতনা।
ম্লাখল অসি খনবদা
অহিং হুংথিল অনিদা
অম্লাবনা ফুম্বংনৈ।
গোমুখীগী নাপোমদা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল ফাংনা চেনবগুম,
থম্মোই লকা হুংত্রদা
শিল্পরূপা লাইজনা
মিৎলুগী নাপোম থুম্লরি।
নচাগী পাম্বোম চাউত্রিবৈ
পলেমগী হুংশিবা খঙত্রিবৈ
ইমাগী সেবা ঙমলমত্রি।
(পলেম শকপি ইমা ও !)
ভোল্লবা নচা ঐখোইনা
খুজেং পাল্লোইনহুনা
য়াকায়রোনবু খঙগে।
লাইরবা নচানা
প্রেমগী ধারা নম্ভনা
কৎচনিঙাই লৈজদে।

থম্মোইগী লকা হুংছ্দা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেঙশিনবিয়ু পলেমও।
পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা
থুয়া থাবু কাউদবা
পীনবিয়ু ইমা ও।
লাইররবী ইরোম্নি
খঙদবনা হায়বনি;
মৈতৈ কবি লাকথিনি।
ইনুংশোরা তৈরক্লে,
চীথ্রে ফিত্থপ হুন্নকলে,
কাক্চা লাম্বাও শীল্লনি।
নুমিদাংরাই কান্দুদা
তময়ানা কোরি চেনবদা
পুকনিংগী তোর্বান থক্তুদা
রাখনগী আসন থাহনা
ইথক ঈরৈ খুদিংদা·
পলেমগী কক্সমা য়েংজহো।
থাবল্মা ইপোম হোরবা
শংবানবা অহিংদা
ইমাগী নিংখিবা য়েংজহো।
পোপ্পী য়েংই রাম্বেদো

চেক্লা য়েংই নোপ্তেদো
কবিনা ব্লাৎপা হৌনদে
বসন্তগী মতমদা
পৃথীনা ঙাংঙ্রানবদা
অয়াম্বা পোম্বী চেক্লানা
ফৈরাথক্তা ফমত্রনা
মপুগী কোলোয় শকলিবা
কবিগী মিৎফম্না য়েংজহৌ
শরৎকী থাবন অরূবা
কালেন লৈরাং ফজবা
কবিগী হরাও-নফমনি।
(পলেম নিংবা ইনাওশা)
কোর্ব্বাক মাঙদা থা
খোর্জ্জৈ থুৎতা পায়
পলেমগী নিংথিবা খোৎচিলহৌ
মপুগী থৌজাল ফংলবা
অসিগুম্বা লমদমসে
কবিগী পোক্ল-ফমনিদো।
ইচীন ইনাও পুন্নমক
লীচিং অমতা ওইত্রনা
পলেমগী লমন থুন্নবা,
লৌশিংগী থাওমৈ থানসন্নু
ইমাগী সেবা তৌসন্নু
মৈতৈ কবি লাকথিনি
(থাইনগী লৈরাং)

খ্বাইরাকপম চাঁউবা সিংহ, সাহিত্য রত্ন।
লোইরবা।

